# মীতৈ ঈনাৎকী ঈসৈ

পালচা ৩৩৮৩

খৃষ্টাব্দ ১৯৮৫

অহানবা নম্বা

লাইরিক্ক মসীং ১০০০

ঙজবা— শান্নবা অপুনবা মরুপ

রেঃ নঃ ৩৯৮১

নমক্কী মফমদা
নংগন ইবুঙোনা
মুখ্যনা তিংথং ওইরিঙৈ মতমদা
মীতৈ ওইংদবনি হায়না মীতৈ ঈনাৎকী

ওইনা ঊমনমক্ পিকনা মওং স্নুনা লাইরিক কয়া ফোংহনা মীতৈ ঈনাৎকী ললগৈ অমা থম্বীরম্মী। থম্বীরম্বা ললগৈ অতগী মন্নুংদা ঙসিগী চক অসিদা কন্না চৎনরিবা ঈসৈগী লাইরিক অমস্নু লেং-থোকহনা থম্বীরম্মী। তৌইগুম্সুং থম্বীরম্বা ঈসৈ অতুদমক হন্না-হন্না সকহনা লৈবনা তাবীরিবশিংগী থম্মোইদা পেন্দবগী মওং অমা উবা ফংজে, ফোংনম্ম মখোয়গী ঈসৈ অসী, অসীদগী হেন্না লৈ-জদ্রমানে হায়ঙম্বা য়াওরকই।

মবম অসীদগী মান্নবা মরুপকী মীওইসিংদগীমীওই থরা থল্লগা, সৈরেংহন্দুনা অহন ইবুঙোনা থম্বীরম্বা ঈসৈগী ললগৈদা মপশিন্বা য়াম্নবা মরুপকী য়াথং পীবীখি। মরুপকী য়াথংবু মীওই ১১না ফিগাত্ত সানা লৌখৎচবগা মরু ওইবা পুয়াশিংদগী মচং থর-থরদং লৌখৎচহনা "মীতৈ ঈনাৎকী ঈসৈ" কৌবা সৈরেং মচা অসী ফোংহজহনা মীয়ামগী মফমদা খুদোল তমজরি। ঈসৈ অসীমক সৈরেংবা কাঙ-লুপনা পুরানা পীরম্বা রাফম খুবাক তাবুল খু অসৈ তেলাম্নবা হায়বা রাংফম অতু লৌখৎচরগা ফমসক ওইনা সকচখিবা সৈফম ১৪/১৫ সুজপ্রে। হৌজিককি চৎনবী ফি থাবা, থা য়েনবা য়াওহনদনা অঙম্বা পৈশা থরদং থাবীরকপা অহুনা অপেনবা ওইনা মপুগী মিংথৈ সক সোনজখি। মসীনা য়ুমবু অতুগী অন্নাবা সরুক থরদি হন্থহল্লে হায়না থঞ্জে। হঙৎচরিবা অমনা কনাগুম্বা, কনাগুম্বীনা ঈসৈ অসীবু পাম্বীহনা মকপীবা তারবদি সকপীনিংবা সৈহেক সৈদাদা সকপীবা য়াগনি, ঈসৈগী ঈচেন্দি থুগাইবীগনু।

মান্নবা অপুনবা মরুপ

# সৈরেংখিবা মীওইসিং


১। লৈখিদ্রবা চোংথাম য়াইফবা (ভাগ্য)

২। লোকতোংবম ইবোতোম্বী

৩। কাব্রবম ইবোয়াইমা

৪। সগোলসেম পাথৌ (বীর)

৫। য়ুম্নাম তম্ফাজাও

৬। সল'ম পাওতাকচাও (মোহরী)

৭। লৌরেম্বম নিংজপাম্বা (দামু)

৮। হাওবম মংলেম

৯। সগোলসেম লৈপাকমচা (জিলা)

১০। মুতুম থোইরেল

১১। ঐকনাম ইবোমচা




# সৈহৌ

হা — হুঙ্ — হৈ — হে — হীঙ্
হুঙ্ — হৈ — হা — হে — হীঙ ॥

## ঈতিং তিংনা সকপা

ঈমাগী মায়থুম হাংলসি
খোমলেন মীকপ থোকলসি ।।
মতম ওইরে ঈমাবু
থিবা মতাং য়ৌরকলে ।।
মতম মাগী খোঙলৈনা
ঈমাবু মায়থুম থুমখিবা
পলেমগী মায়থুম হাংহনা
পন:থৌগী লীথুন থিরসি ।।

—×—

## মেন অহুম অরনবা

পুনেমজরি নপু সিদবা ।
নোঞ্জরিয়ে থোইয়ুম্ লাইনিংথো
সিঙেল লৈহুন্ তমজরি
নচগী মিংথৈ শোঞ্জরি
তাইবঙ লৈয়েঙনা ॥
থৌগল্লোলস্থু থঙজদে
লঙজ চাউবা তাইবঙনি
হৈজদবা ননাইনি
অয়োল অরাল ঙাকপিয়ু ॥

## মেন অহুম অকুঙবা

ঈমা লৈমরেল সিদবী
অহিঙ লিক্লা তাক্তবী
নুংথিল লিক্লা কংদবী
লৈনুঙগী লিক্লা পিয়াইনু ॥
লৈতোন্দবু লৈরগা
ঈয়েক্ লৈমা কৌবীনি ।
লৈয়াইদবু লৈরগা
লাইথুলেমবী কৌবীনি ।
লৈয়েংদবু লৈরগা
লাইনৌ তাবী কৌবীনি
অহুম মাগী মমিংদি
নুং তলেং — তলেং কৌবীনি
পূনেমজরি লাইরেম্বী
নোঙরিয়ে ঈমাবু ॥ ০ ॥

—×—

## অতিংবা সৈসক্

তরঙ লাইপাক্ত পীবিবা
ঈপূঙ্লোইদি অপক্পা ।
হুমনিগী নৌরা ওইদ্বনা
সলাইলেনগী ঈরোনহুং
ঙানবীরিয়ে ঈসাইফূদা ॥

অঙাংবা মচুনা নৈতেংবা
সনাগী মসক্ মাল্লবা
নোরা মাবু উবদা
সনা মহী নিংথাম্লে ॥
মচামক্তি খন্দুনা
চেৎনা চান্না লৌথৎচৈ
সনাইলেন্দি সিদবনা ॥
মেন অমা—মপারিবু চিংনা য়েংলগা
লাইরেলবীদি সিদবীদা
সিন্নবিখি মচাবু
সনাইলেন্দি সিদবনা ॥
লাইরেলবীদি সিদবীনা
চরৈ ফীগাও শাত্নুনা
মচাবু চেৎনা কোনশিনজৈ ॥
মচাবু নুংশিনা য়েংলগা
ঙঙান্নবা কুচুবু উবদা
অঙাং মিংথোল্লু পীবিরে
লৈমলেলদি সিদবীনা ॥ ৩ ॥

—x—

# মেন অমা মরক/ময়ায়

তেংবানবগী মওঙ্না
তাইবঙ মওঙ্ ওইহনবা — ।
কোইরৌ মালেম অনিমাবু
নসামকপু ওইবনী — ॥

মৈ ঈশিং হুংশিৎ
লৈপাক্ নোংথৌ মঙাবু
মপূ মানা সাইওল্লে
লৈরোন নোংলোন লেপখরে — ॥

লৈহৌরোন পুরোন্ মঙাগা
ঈমুরোল তরুক কৌহ্না
মীদা সাইওন্ তৌখরে
তাইবঙ মওং লেপখরে — ॥

সিদা উপাল থারম্বা
তাইবঙ লাংওন ওইহ্না
নপোক খোইরা য়াল্লকপা
হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ — ॥

থঙদা উদা লৈতবা
নক্না লাপ্না লৈরিবা
ঈবুংঙো নঙবু শোঞ্জরি
তাইবঙ লৈয়েঙ অসিনা — ॥ • ॥

—×—

# মেন অমা অরনবা

মপূগী হুকচাং লাইয়ুমনি
সাইওন তরা তৌবীবা
লাইপুংথৌ তরেং লেপ্লিবা
কয়াৎ লাংপুম ওইখিবা ॥
নোংপোক চিংখৈ অপানবা
নোরা শিকপু ওইরিবা
অরাং কৌক্রু অম্পুপা
সনচিং লেমফু ওইরিবা ॥
কোইলেন্ লাইদি সিদবা
কয়াৎ লাংপূম লেপ্লিবা
থানা চাউবা রাঙপুলেন
মপী মপা ভাক্লিবা ॥
ঈলাই পুলেল্ পূলিংলাই
কয়াৎ ঈপুঙ্ পীবিরিবা
পাংগনবদি লাইনিংথৌ
থৌরাই নিংসা পীবিরিবা ॥
সলাইলেনদি সিদবা
নোরা মপুং লেপ্লিবা
সনা ঈদি মহীলেন্
নোরা লৌশিং পীবিরিবা ॥

খলৌবগী মহাকৃথক্
লাইগী পনথৈ লোমথিবা
ঈপুথৌদি পাথঙবা
নমু লাংওন্ ওইথিবা ।।
থোইয়ুম লাইগী পন্‌থৈনি
তাইবঙ মীগী পুকোক্‌নি
তাইবঙ সলাই সন্‌বনি
য়েক্‌পু তরেৎ পোক্‌পনি ।।০।।

—×—

## মেন অমা মরক/ময়ায়

য়েংউ নোংপোক মায়কৈদা
ঙাং-ঙান্নবা মচুনা
লৈতেংলক্লে লাইনিংথৌ
ঈমাগী নাপদা ঙাল্লকলে ।।
কোইরৌ নোংথৌ অনিনা
থৌজাল্ মিৎয়েং পিবীরে
পাইমা পুক্লিং তুংওল্লে
তাইবঙ্ থমোই নোইহল্লে ।।
য়েংউ নিংথিরবা মাইথোংসে
মাগী ফজবা চেংলৌসে
লাইগী খুদম্ উৎলকলে
মতিক্ ময়াই ফাওরকলে ।।
নংগী লম্বী থিজগে
নংগী মিংথৈ শোঙ্গগে
পৌবিয়ু নংগী থৌজান্দো
পুনেমজরি তাইবঙ্‌না ।।০।।

# মেন অমা

মপু মাগী থুংশেন্না
হুমিং থানা ঙাল্লিয়ে
সজিক্ থবা খোংজোমনুমী
তাইবঙ থৌরাইগী মচাকনি—॥

থৌরাই মিচাক্না তনিক্ তনিক্
চয়োল্ তরেংনা পাল্লিয়ে
নোংথৌ সিদবা ঙাল্লিয়ে
লেংদনবু লৈরিয়ে ॥

মপূগী লৈকোন্দা শাংলম্বা
লৈরাংগী লৈরিক্না কেনখিবা
তাইবঙ্ লৈকোন্দা শাংলরে
হাইনা হুন্না পাঙরে ॥

তাইবঙ মপু সিদবা
চিক্না লোন্না লৈরিয়ে
কয়াং হুংদা থুপ্তুনা
তাইবঙ কুম্হৈ শান্নরিয়ে ॥০॥

—×—

# মেন অমা

হে লৈরাং লৈপাকলৈ
মতম মানা কন্‌বনা
কালেনগী লৈকম্ থিংগাইহ্নুনা
নোক্লা নোক্লা সাৎথরে ।।

মতম্না লৈরোন্ চল্লুরবা
মতমগী থৌঙলৈনা লাকপদা
লৌনম্বা লৈরোন্ হাংহ্নুনা
মীতৈ ওইনা হীংজরে ।।

হে লৈবাং নাউওইতোং
খোইমু কনানা মিহৌদবী
তাইবঙ মীনা কল্লক্কবী
লৈবাং নংবু পানজদে ।।

মতম্না লৈরোন চল্লুরবা
মতমগী খোংলৈনা লাকপদা
লৌনম্বা লৈরোন হাংহ্নুনা
মীতৈ ওইনা হীংজরে ।।০।।

— x —

## মেন মরি

মতম ওইরে হা ঈমা
নংগী মিংথৈ শোঙবা ॥
কাউরুরেনে ঈমা নংবু
মতম মাপী খোংলৈনা ॥
নংগী মিংলেন হুংশিবা
ঈমা হায়বা য়ারাদো
নপারী নমোমগী লৈরেংনা
তংপ্পা কাংবা ডমজদে ॥
পালেম কোলোয় হুংশিবী
খেইয়ুম মাগী নোংদমখোন
মীতৈপীদি ঈহৌসা
লাইনা থাবা ঈমালোল্নি ॥ ০ ॥

—x—

## মেনপুং সাগৎপা

ঈপুংলোইদি অপকপা
নওংনা নতৌনা
তেংবান্বা ওইরিবা
তরংথক্সা পল্ওইবা ॥
সন্নজিংনা নাউক্নোন্বা

লাঈগী নিংথৌ লাইনিংথৌ
নত্তিক্লা নয়াইনা
তাইবঙপাল ওইহল্বা ॥
অরাং কৌক্র অস্থুপ্পা
খোইয়ুম লাইগী সাইওনকম
সলাইলেল্দি লৈমলেল্
অনিমক্কী মকায়ফম ॥
লাইরৈপাকপূ ওইবনি
মীতৈগীদি লাইফমনি
মীতৈ য়েলহৌ তাকপনি
লাইগী চাদা নৌদাগী ॥
খুকুমজৈ লাইনিংথৌ
পুনেনজরি লাইরেম্বী ॥
অরাং কৌক্র অস্থুপ্পা ॥ ৩ ॥

— × —

## মেনচপ্

অকুঙবা — —

ঈংনা চীক্লা ঙাল্লিরে
তাইবঙ থমোয় লৈকোন্দা ॥
ঈংনা চিক্লা .......... ॥

অরনবা — —

উরেল উজাউ অথোইবা
চেক্লা মানা কাইদোংলি ॥
তাইবঙ ঈপাক্তা চাক্তারি
থমোয় কোন্দা য়াইরেক্লি
চেক্লা মানা পাইথ্রবসু
পোম্বী ওইনা লাংওল্লকলি ॥
চেক্লা নংবু নুংশিথোইবা
তংহৈদবা লিক্লাংনি নংদি
পোম্বী চেংলৌ সকওন্দুনা
মুংহৈদবা লাংওনবীরি ॥০॥

—×—

# মেনকুপ মপী

হান্না থম্বাল লৈনুংশি
তাইবঙ লৈরাং নিংথীবী
কয়াৎ মুংদা পোমলগা
তাইবঙ পান্দা শাংলিবী ॥
নংগী নুংশিবা লৈনম্না
থোইমু পূক্লিং নুংওনবা
মীহো লাংনা উপ্থিব্না
তাইবঙ পূন্সি কাউহল্লি ॥

ৈলবাংগী লৈহীনা কমলগা
খোইমু মাস্থু পাইথিনি
নংগী কনা লৈরবোই
হন্না য়েংবদা উরবোই ।।
মীওইবগী মপোকস্থু
লৈরাং থম্বালগা পান্দমনি
নংগী কন্না লৈরবোই
হন্না য়েংবদা উরবোই ।।৩।।

— x —

## মেনকুপ

হে তাইবঙ নুংশিবা
নিজহোরো অপংবা পুকনিং
মতন্না লৈরিবৈ
রাখলনা ঙমদ্রিবৈ
মাগী নিংথৈ শোলহোবশি ।।
করিগী লৈরি ঙকতুনা
মঙলানগী ঈপাক্তা তাউহনা
ঙসি হয়েং হায়তনা
মতম পূম্বা হৌখিদোরে ।।
মতম মাগী খোংচৎতি
অরেপ্পা লৈতবা খোংচৎনি
মাগী খোংচৎ তুংইন্না
তাইবঙ পূন্সি লোইথিগনী ।।৩।।

— x —

## মেন অমা মরক/ময়ায়

পোক্লরেদো নংগী মালেমদা
য়াওররেদো তাইবঙ কুমহৈ ।।
সুমহৎয়াইনা সুমহ্না
হ৴াওরি হুংঙাইরি তাইবঙনা ।।
অঙকপনি নংগী কুমহৈ
অরা হুংঙাই সন্নরি ।।
অসি অচঙ্ ভাইনরি
কাউখ্রে পূম্বা তাইবঙনা ।।
ঐগী মাগী রাখলনা
নংগী কুমহৈ ওইরিদো ।।
তুংগী মাঙগী খলহৌদে
নংগী লম্বী তানখরে ।।০।।

— × —

## অতিংবা সৈসক্

মতম ওইরে পলেম পন্থৌ
অনিগী মিংথৈ শোঞ্জবা
কাউরুরেনে প৴লেম পনথৌবু
মতম মাগী খোংলৈনা ।।০।।

রারোৌবীনু ঈমা
সাউবীগনু পনথৌ

কাউরুরেনে **ঈমা ঈপাবু**
মতম মাগী খোংলৈনা ॥

পলেম্ পন্থৌবু নিংশিলক্লে
মিৎলু পিরাং ঈহৌরকলে
পনোই কাম্বী মৈহৌরে
নিংঙমদরা মৈরিনা চাকলকলে ॥

মপারি মমোম্গী রাজবনা
পূন্সি চেংজেল ওইরিবা
পনথৌ পনথৌ শোঞ্জগে
ঈমা ঈমা কৌজগে ॥

কোইরৌ নোংনা রাংবরা
পনথৌ ঈপানা মরাংই
মালেম লৈমনা লুম্বরা
পলেম ঈমানা মলুমই ॥০॥

—×—

## মেন অনি অতপ্পা

লৈরাং লৈসঙ্ খেক্রাইবা
খেক্লা খেক্লা নোকতুনা
পামেল্ল উকাদা সাৎপদি
তাইবঙ পূন্সিবু তাকপরা ॥

নংনা খেক্লা নোকপগুম
হরাওরি হুংঙাইরি মালেমশিদ।
নমু তাইবঙ ঐখোয়সু
সিঙেল নতৌ তমজরি ॥

রাকচিং উলেন্না কেমদ্রবী
কালেন্ মৈসানা খুইদ্রবা
ঈঙা নোংনা পদ্রবী
কল্লক্ইদা লৈরাং নংবু ॥

লৈরাং নংগুম ওইজনিংই
সিঙেল নতৌ তমজনিংই
ওইবা য়াদে তাইবঙদি
তাংকক্ নাইবা পুন্সিনি ॥০॥

—×—

## মেন অম্মা অরনবা

কোইরৌ মঙাল চাইরক্লে
হুমিদাং রাইরম ওইরক্লে
পুন্সিগী হুমিৎ চাইরক্লে
হুংগী লম্বী তেল্লকলে ॥
ঐগী মাগী রাখন্দা
তাউহুনা লৈরে মীওইবা
মতম পূম্বা হৌখি.দারে
তুংগী রাখল তৌহৌদরে।

যেংউ থাপ্পা উরিবসে
ঐখোয় পুম্বগী লম্বীনী
কনানসু থিংডমলরোই
চৎতবদি য়াররোই ॥
মতমগী তোরৈ তুংইন্না
তাউথরনী তাইবংগী পুন্সি
নোংন্দি সোইরোই মীওইবা
সিনী হিংবা পুন্সিনি ॥
হৌফম লোমফম ওইরিবা
অপোক অসি তম্বারিবা
ইবুংঙো মাবু নিংহৌরসি
মাগী মিংথৈ শোলহৌরশি ॥০॥

—×—

## মেন অমা অকুঙবা

হন্নু নৈলন্ন চল্লকলে
মিৎমৈ নাহুই লোল্লকলে ;
নাপ্পা চুবা তারক্লে
সনা চৈসু কোল্লকলে ॥
মুরম্বা সমলাং ঙৌবকলে
য়াতা পরেং তারকলে;
সামা পাঙ্গল হল্লকলে
চৎপদা মঙম সামর্লকলে ॥

কোয়াং চৈস্নু পায়বমা
পুন্সিগী মরুপ ওইরক্লে
মাংগোল সংজিন কাবদা
লোইবী চিংজাও কাবগুমলে ।।
খোংথাং খোংথাং খুদিংদা
হৈ মিংলেন শোনবদি
পনথৌগী মিংথৈ শোনহৃমা
পালেম মিংথৈ ঙাইরিবা ।।
কল্লকইদা—— কল্লক্‌ই
নহাথৈগী ফজবা সক্তম
মতম মাগী ঈরোনহুংদা
চিক্লা কেকু লোৎথরে ।।
থম্না থকী লাইজনা
তনিক্ তনিক্ থাঙ্‌জবা
তাইবঙ পুন্সিগা পাংথকনি ।।
থম্না থককী লাইজদো
তনিক তনিকপা পূন্সিদো
মালং সহুম ফংবদা
খঙহৌদনা হৈদোকখিনি ।।৩।।

—x—

## অতিংবা সৈসক্

মপুবু নত্তনা কনা লৈবগে মালেমসিদা;
মিংজোনে পুক্লিং ॥ মপুবু নত্তনা ....
মীনম্বা, লৌনম্বা, কল্লকপা, মীহৌবা,
অপাম্বা থারো পুক্লিং, ঐগীনি মাপীনি
থল্লিবৈদা, মতম পূম্বা হৌথিদোরে ॥
মপুবু নত্তনা ............
সোইরোই থঙউ নোংমদি,
অপাম্বা লৌনম্বা কল্লকপা মিহৌবা
মীনম্বা থারো পূকনিং;
লংজবা কয়াসে থলিবৈদা
মতম পূম্বা হৌথিদোরে ॥
মপুবু নত্তনা ............ ॥০॥

—×—

## মেন অমা অরনবা

কোইরৌ রানা থম্বীরম্বা
মালেম নেম্না শেম্বিরম্বা;
সকথঙদবা নংবু কনানো
হংজরিয়ে পঙলবা তাইবংনা ॥
অঙকপগী অঙকপা নবু

বদাইদবু চৎলগা
কনাদবু হংলগা
নংবু খঙবা ঙমগদগে ॥
তাকপিরিয়ে লাইনিং অহলশিংনা
সকখঙদবা ঈবুংঙো মহাক্তি ॥
সকখঙদবা ঈবুংঙোং মহাকতি
কয়াৎ হুংদা লৈবনী
ঐবু ঐনা খঙদ্রবদি
মপূ মাবু খঙলরোই ॥০॥

—×—

# মৈন অনি মরক

তাইবম্ব মালেম হুংশিবা
তাইবঙ কুমহৈ শান্নপুং
শান্নরি হবাও তয়ান্না
কৈদৌঙৈ চৎকনি খঙমদে ॥
লৈকা ফলনা সাংলম্বা
সিংঙেল লৈমন্ চল্লগা
লৈরাং লৈথোক লোইরগা
বেনখিগনি লৈমাইথকতা ॥
নোংমদি সোইরোই মীওইবা

তৌরাং ফকতা ওল্লককনি
হৈয়ো নাহে তম্লক্কনি
ঈমা ঈমা কৌরককনি ॥
মানা মানা নিংজরম্বা
খোইযুম কয়াগী মিংথৈখো
লাইখুলেমবী ঈমানা
তাইবঙ লৈযেং ফাগ্রগনি ॥
খোইযুমগী মিংথৈদি শোলুঙমলরোই
ঈমা মিংথৈদি ফাবীদে
ঈমা ঈমা কৌদ্রনা
তাইবঙ ঈপাক্ লানথিগনি ॥
তাইবঙ ঈপাক অচৌবা
পনথৌ মিংথৈনা হিরেন ওই
পলেম মিংথৈনা নোরেন ওই
তাইবঙ ঈপাক লানথিগনি ॥০॥

—x—

# মপুঙ ওইবা ঈশৈ খৈরে

নিংসিংজবা——

মথককী ঈসৈ মপুঙ সকপা লোইরগা থোরম থোরমগী মতুংইন্না মথাগী ঈসৈশিংসিগী মহুংদগী থোরমগা চান্নবা ঈসৈনা ল্লোইশিনবীগনি ॥

## ১। লান্ন থোরমগী——

মেন অনি

কেমলেদো লৈরাংসে
মল্লেদো লৈখোংদা ॥
অরোইবা হুংশিংনা চুমলক্পদা
চুমনিগী সঙ্গাই তেকখ্রবোই ।
থমমুং কিকোই লৌওনবী
অমল্ থমলৈ পাওথেম্বী
পলেম পনথো সারত্তুনা
থমমুং পুঙদা পুথরবোই ॥
হে তাইবঙ হুংসিবা
তাইবঙ পুন্সি লৈকোন্দা
ননিং তৌনা সাৎলম্বদি
কেন্ননবা সাৎলম্বরা ॥০॥

মেন অমা নত্রগা তিঙনা সকুপা——

হুংসিদকো তাইবঙ হকচাং
পুন্সি লৈমন্ চল্লেদো
ঙসি হয়েং হৌখিবনা

তাইবঙ কুমহৈ লোইরেদো ॥
থৌরাই ঐনা কাইদোংলম্বা
তাইবঙ হকচাং নুংশিবা
মপূগী সৈথেক স্নুরেদো
লৈহৌরোকো তাইবঙ হকচাং
নমু তাইবঙ হকচাং নংবু
থৌরাই ঐনা কাইদোংবনা
অহিংবা পূন্সি ওইহনা
তাইবঙ কুমহৈ য়াওজবনী ॥
মপূগী পাউজেল থুংলরে
থৌরাই ঐদি চংলগে
লৈহৌরোকো তাইবঙ হকচাং ।০।

ঙাঙবা (ঝারেঙ)——

মীতৈ পোকপী পলেম্মা মচা ওইবা মুন্নদা খাইনা রারী তৌবীহনা মপূগী য়াইরেল লৈকোন্দা য়াইবী লৈনম ওইনা তিন-জরুনবগী চংনা লমদাংবু তাকপীখি ॥

লোনবা—— তাও তাও মুন্নও, নুংশিথোইবা তাইবঙও! কংলা য়াইবুঙ থারগা ললহামপুংবু কারগা থারম পাংনা কুমগনি, রাংপূলেনবু তমগনী ॥ মায়কৈ ঙাকপা রাংপূলেন খমনুং তুবী নিংথৌরেল, খমনুং চাসীং থীবনী, খোংথাং কুপনা য়েংবনী, লোইবী ল্যাংজিং চাংদান্দা, নুংশি চিঙগী মথকতা, লাইগী লম্বী লৈহনী, নুংঙাইবা লমদাং ওইহবনা ॥ লোইবী চাংবু লোললগা, পোংথাপুংবু য়োরগা

থমমুং খুন্দিন ফমগনী ॥ মাঙদা চেনবা তুরেন্দো, ঈরাই কনবা লাইজদো তাইবঙগীদি নম্বুননি, লাইরৈপাক্কী তুইরেন্নী ॥ লাইজ তুইরেন লাল্লগা, সিদা উপাল ফংগনী, সিদা মহৈ চাগনি ॥ লাংগোল চিঙ্শাং য়োরগা, থোংাঙক্ লাইরেম্বী ফংগনি, লমজেন কোরেক্ পায়ত্না থমদা ঈশিং থককনি ॥ খোংহামপাৎপ্ য়োরগা, ফিস্নু ফিচাম লোইরগা, মকোই মুংঙোন্ 'কাগনী, লাইরৈপাকপ্ য়োগনী, মপুগী য়াইরেন লৈকোন্দা য়াইবী লৈনম ওইনা তিনগনী ॥০॥

## ঈসৈ থৌবা (মেন অম। অরনবা)——

থৌরাই য়াইবীরেন সিদবনা
মপুগী য়াইরেন লৈকোন্দা
লৈনম ওইনা তিনজবদা
অরান খুভম পীনবীয়ু ॥
পিরাং লাইজ কৎচরি
লৈয়েং লৈরাংনা লৈহুনজরি
ননাই ওইনা পুশিনবীয়ু ॥০॥

খঙহঙবা—— নোংগা লংম্বীগী ঈসৈ অসী লাইনিংহল নাউরিয়াগী ঈসৈ শৈরেংনা লংলা লংজিন ওইত্না ঈথোকচবনী ॥

—x—

## ২। ফীরোইগী ঈসৈ

**মেন অমা অরনবা**

থৌরাই চেক্লা পাইগ্রবনা
চেক্লনা পোম্বী হজিল্লকপা
চেক্লাগী কায়দোংকম খঙদবনা
হকচাঙ্ পোম্বী কোয়ঙাওনরে ।
থমন্থুং পূঙদা চাকতারুবা
চহী কুমজা কুনওল্লকলে
তাইবঙ পান্দা ফাওথরে
পোম্বী চেংলৌ সক্ওন্দুনা ।।
অনৌবা লাংওন ফাওরক্পদা
নুংঙাই য়াইফ পীনবিয়ু
নংগী মিংথৈ শোঞ্জরি
সিংঙেল লৈহুন তমজরি ।।০।।

—×—

## ৩। অপোক্পা লুক কৎপগী ঈসৈ

**মেন অমা——**

খুরুমজরি সলাই অপোকপা
নোঞ্জরিয়ে সাগৈ অপোকপা ।।
ঈরাৎ পৌরম তৌজরি
ঙমজবা হৈরাং লৈরাং কৎচরি ।।

লংজা চাওবা তাইবঙনি
খঙজদবা নচা ননাইনি ॥
অয়োল অরাল ঙাকপীয়ু
থোজাল মিৎয়েং য়েংথবীয়ু ॥
কংচরিবা হৈরাং লৈরাংশে
লংনবা লৈতনা লৌশিনবীয়ু ;
সাগৈ সলাই চাউহনবীয়ু
রাজা-পাদা পীনবীয়ু ঈপুবো ॥৩॥

--×—

## ৪। ঈপানগী ঈসৈ

**মেন অমা অরনবা——**

হে খোয়য়ুম নোংদম্বা
নংগী নোংদমদি কাইহৈখিদে
পারি ঈমোনস্ পীনবীরে
তাইবঙ্ কুমহৈ য়াওহনবীরে ॥
চাংউ নংগী খয়োমনি
খোয়ুম মাগী লৈপুন্নি;
সিঙেল খয়োম থোকহনবীনু
লৈরাংগী লৈপুন তংহনবীনু ॥
চাংউ মাগী নোংদমনী

থোয়ুম নংগী থুৎসেমনী;
ঈমাগীদি থয়োমনী
ঈপাগীদি লৈপূন্নি ॥
অনৌবা লাংওন ফাওরকপানি
হুংঙাই য়াইফ পীনবীয়ু;
নংগী মিংথৈ শোঞ্জরি
সিঙেল লৈহুন তমজরি ॥৩॥

—×—

## ৫। লুহোংবা কোয়বদা সক্কদবা

**মেন অহুম——**

তারো তারো লৈমা পিবা
পলেম পনথোগী থৌজান্না
ভাইবঙ কুমহৈ উহনবীরে ॥
পলেমবু কাউগনু
পনথৌবু নিংশিংউ
অনিমককী থৌজান্না
মপুগী লম্বীবু ফঙ্গনী ॥
মপু মাগী মহৌসা
কোইরৌ মসেক্ ফংবদা
থম্বাল লৈকা ফল্লকুলে
নোক্না নোক্না সাংচরে ।

থাজগী মঙাল উবদা
থরো কৌবী লৈরাংনা
চরৈ কোক্খুম হাংহনা
লৈকা ফর্লনা শাৎচরে ॥
অহিংগী লৈরাং থাবল্লে
হুংথিল লৈনম ল্যোৎশিনবী
থাজ মঙাল ফংবদা
লৈরাং লৈনম ফাওরক্লে ॥
পামেল মপাল তাংজবী
সিঙেল লৈরাং উরিরৈ
পামেল উরাংদা নেৎহুনা
লৈকা ফন্না সাৎচরে ॥
লৈমা পিবা অনিহু
ওইগা য়েৎকা ফমহনা
চীংউ মাগী নোংদমখোল
পুন্সি লৈপূন তমজরে ॥
চীংউ মাগী খয়োমনি
খোযুম নংগী লৈপূন্নি
সিঙেল খয়োম থোকহনবিহু
লৈরাং লৈপূন তৎহনবীহু ॥
চীংউ মাগী নোংদমনী
খোয়ুম নংগী থুৎশেমনি

পশেমগীদি খয়োমনি
পুনথৌগীদি লৈপুন্নি ।।
কৌশ্রাং চুপনা শাংচবী
সিঙেল লৈরাং কুমতোয়লৈ
তাইবঙ য়ুমলেপ্ তম্বদা
লৈরাং লৈপুন ওইজবী
চীংউ মাগী নোংদমখোন
পূন্সি লৈপূন্ তমজরে ।।০।।

—×—

## অতৈ অতৈ ।

### ১। মিকোললোন্

মেন অমা——

হনজিল্লসি মিরেন হনবা
লেশিল্লসি লাইনিংথৌ ।।
সজিক ঈসৌ লাংহনবীনু
থবা ময়াই চাংহনবীনু ।।
খোইদৌ থম্বাল নিংথিবা
খোয়ুম নংগী ফম্বাল্লাং ।।
লেংশিল্লসি লাইনিংথৌ
নতেফমদা তেবীরো ।।০।।

—×—

## ২। অসিবা পুথোক্পদা সক্কদবা ঈশৈ

**মেন অমা—— হৈ—হা—হে**
**হে—হৈ—হা ॥০॥**

হৈনা ঈপানি
হানা ঈমানি ॥
সোল্লুনে হৈ—হা
অথোইবা লন্দি—মহাক্তনি ॥
পনথৌগী মিংথৈনা হিরেন ওই
পলেমগী মিংথৈনা নৌরেন ওই
অকিবা ঈপাক্ লানগনি
মপু মাবু ফংগনি ॥●॥

—×—

## ৩। অসিবনা খাঙলেনফমদা লৈরিঙৈদা সক্কদবা

মেন অনি———

কেমলেদো লৈরাংশে
মললেদো লৈখোঙদা ॥
অরোইবা নুংশিংনা হুমলকপদা
হুমনিগী সঙ্গাই ভেক্লবোই ॥
খমনুং কিকোই লোওনবী
অমন্ খমলৈ পাউথেম্বী

পলেম পনথৌ সারহুনা
থমন্থুং পূংদা পুখরবোই ।।
উফৈ থকতা তোংহুনা
চেক্লা মরুপ চাকতারম্বা
থুমন পঙলুপ্র্ চংলকপদা
মহৈ মহৈ পাইনথরে ।।
তাইবঙ উয়াল চাক্তারম্বা
মপুগী চৈথেক্ সুরহুনা
চেক্লা নদোম পাইখরবোই
চেক্লাগী কাইদোংফমদি হাংহৌরে ।।
পলেমনা কৌবদা খুমখিদরে
পনথৌনা কৌবসু তাখিদরে
থরাই হকচাং কায়নবনা
পাউখুম পীবা ঙমদরবোই ।।
পনথৌ সুমাং মমৌপুং
চংবী লারাক মাইথা ওই
অমম্ ফিরুক্ খুমহুনা
অরোইবা ম্লাহিপ তাবদি
তাইবঙ ঈপাক লাল্লবোই ।
হে তাইবঙ হুংশিবা
তাইবঙ পুন্সি লৈকোন্দা
ননিং তৌনা সাৎলম্বদি

কেন্নবা সাৎলম্ববা ॥
ঈপাকথককি কোঙ্গোলনা
মালং সহুম ফংবদা
খঙহৌদনা মাংখিবদি
তাইবঙ পূন্সিবু তাকপবা ॥
খমহুং সরা তামখরে
অমন থরৈ কুমথবে
ঙসিনা লোইরে তাইবঙপাল্
লোইরে লোইরে তাইবঙ্ কুমহৈ ॥৩॥

—×—



## ফংফম

১। খোং নম্বোলবী রবর ষ্টাম্প মার্ক্স লুপা কৈথেল

২। মীতৈ মনীপুরী হেগুসুম প্রদক্টসন গুৱাহাটি

৩। লাইঃ তোম্বা লৈমজম লৈকাই

নম্ফম — স্বরাজ প্রিন্টিং প্রেস

মমল লুপা ৪.০০